বাংগালী হিন্দুগী "বার মাস তের পার্ব্বন" হায়বাগুম, মনিপুর শ্রীগোবিন্দগী সেণাদা ঋতু ঋতুগী কীর্ত্তন, রাস চিংবানা থৌগন তৌবাগুম ত্রিপুরাগী কোন্থংদাশু থৌরমসি লেপ্পা। লৈতনবাগী দমক মৈতৈ লুচিংবাশিং দা শিন্নবদা স্নাখ্যা কোকচাওদ অহানবা ওয়না শিন্নখি।

মৈতৈ মহারাণী ওয়না নিংথৌ-গী ভায়শেন ওয়রে হায়রবশু পুং, ইশৈ, জগোয় থৈরে, থংলে হায়রা-বশু মৈতৈগী নট কীর্তন পালা হন্নাদা কবিদৌইঙদশু হাওনিংথৌ মচা, মগুশিং পুশিনবা তৌদে। নিংথৌ, নিংথৌমচাবু সম্মান মতিক চানা পিরবশু সামাজিক থৌরমদা ম'থায়দি মৈতৈ গুম্না বৈষ্ণব ধর্ম



মহারাণী রত্নমঞ্জুরী ( নিংথেমচন্থু ঢাকা লৈমা )

চংপা নত্তবনিদা তোঙানন থমখি। মৈতৈ লোন, মৈতৈগী শাজং চংলাবা কাও, থোথাও, কুকীশিংবু শেংদোকতুনা মৈতৈ কুরূপতা সমাজতা লৌথংতবা নত্তে। অদুম্না লৌথংখি-বাগী মচা, মগুশিং মশিং য়ামদে হায়বা য়াদে। অদু ওয়রে হায়না তৌনিংবতা ভাগে লৌথ-নিংবা লৌথংকে হায়বদি য়াদে হায়বাগী খুদম আগরতলা মৈতৈ মরকতা স্নাথ্যা কোকচাও স্নাগী 'শ্যামগী দল' গী ওয়াথোক হৌজিকসু ওয়ারী ওয়না লিনা য়। 'চিংমী' শ্যাম' কৌবাবু স্নাথ্যা কোকচাও স্নানা অত্থানি হায়না কনা-বুশু ভানদনা লৌথংপাদগী ওয়াথোক থোকপানী লৈকায় লৈকায়দা কুরূপ, কুরূপ দলাদলী কয়া-মুক শাথীখি হায়বাদ থংনবা য়ুমদগী মৈ লোনদে হায়। অদুম্না স্নাথ্যা কোকচাওন্না মচন ইবেমা মহারাণী ভাগ্যমতিগী তাল্লুক আগরতলা, সাতভুবিয়া, নিশালগড়, শিবন-গরদা লৈরিবা মৈতৈ প্রজা শিংবু স্নাথ্যাগী মৈতৈ মুড়াদার (তহছিলদার) শিংনা নিংথৌ অঙম্বাগী প্রভাব বিস্তার তৌদুনা স্নাথ্যাগী দলদা য়াওনাবা হাংনাবাদা স্নাথ্যাবু য়ানিং দাবা কাংবুনা রুটিশকী লমদা চন্দুনা থাং-বাগী ওয়ারী হৌজিকসু অহন লমম্না শোয়খি। পায়টিয়া সাতভুবিয়াগী তহছিলদার ওয়রম্বা কীর্তিময়ুম গোকেশ্বর, বাবুচাঁদ, বলভদ্র,

কনথা ব্রজনগর (বিশালগড়)গী ভাঙোম থামা মখোয়গী মন্দির পনবাগাই।

শ্রাদ্ধগী বিধি লৌনা শ্রাদ্ধ শোনবদা চেং ১ম্বং চাকক্কী মরমদা ব্রাহ্মণ শিংগী ব্যবস্থা লৌনা দলাকনী, মতম কুইনা লৈরমমী। হৌজিকসু চেংনা ১ম্বং চাকনা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াওনরি। রাধাকিশোর মহারাজকী মতমদা ১৯০১ খৃঃ/১৩১০ ত্রিং ভারতকী মফম মফমদা সেন্সাস তৌবাদা ত্রিপুরাদসু সেন্সাস তৌখি। আগরতলাদা মি ৬৪১৫ লৈরে হায়।

১৯০৮ খৃঃ আগষ্ট ১৯ য়ুবরাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী শন্নিত্তবা মচা ইবুঙো বীর বিক্রম পোকলে। মনিপুর মহারাজ স্যার চূড়াচাঁদ লেংবিরকখি আগরতলাদা মনায় মথন ময়াম পুন্না তায়শেন উনাবা (১৯০৯ খৃঃ)।

মনিপুর মহারাজকী সম্মানদা আগরতলাদা অচৌবা দরবার কমখি। দরবারদা মফম মফমদগী জমিদার, তালুকদার ময়াম য়াওরখি। আগরতলাদা হৌজিককী রূপছায়া. চিত্রকথা সিনেমা হোল, হকার্স কর্ণারনা চিং-বাসী "খোসবাগান" হায়বা চাওরাবা লম্পাক ওয়না মেলা তিনকম. শাংকম ওয়না লৈরমমী। লম্পাকসিদা মনিপুরগী শগোন কাংজৈ, কাংজৈ, থাং তা মুক্নাগী নিংথিজরবা থৌরম উবা ফংখী ত্রিপুরাগী মীয়াম মনিপুর নিংথৌগী থৌজাননা। ইনিংথৌ চূড়াচাঁদ মহারাজ মবুথৌ পাখংবগী খোংগুল লিল্লনা "পাখংবা" দা থুদোন কাহনা পূজা কংখি। নিংথেম পালা ওবা ময়ামগী নিংথিজরবা মৈতৈ সংকীর্তন শ্রবন দর্শন কংখি, তখেনগী মৈতৈ, প্রজা। ইনিংথৌ মহারাজ চূড়াচাঁদ মচা মত্ত তায়শেন খোংগুল লিবা ওয়না থলেথয়, বনমালীপুর মৈতৈ লৈকায়দা লেংশিনবিরমমী। মৈতৈ বোর্ডিংগী দমক মফম জনা মতেং পিবিরমমী রুপা ৫০০।

মনিপুর মহারাজকা লোয়নারকপা "বিষ্ণু" গী মন্দির পেলেসকী আওয়াং থংবদা শাবা-হুবু অহিং অথেংবদা মৈনা চাকখি হায়। মীয়ামগী মতেংনা মুথংলে। খুতকতা অহিং নোংশোয়বা মন্দির শাহনখি। নোঙালগা "বিষ্ণু" মন্দির মমাঙৈদৌনা লৈরমলে। ঘণ্টা



( নরধ্বজ ঠাকুর ( কোকচাওমা )

৫/৬ মমাংদা মৈনা চাকখিবাগী খুদম কয়িম ফংজনত্রে। ত্রিপুরা মহারাজকী—ইনজিনিয়া-রবু বজ্র, বজ্র হায়নাখি।

"মোইরা তোনজাও কান্নবা" মৈতৈ শগোন লাবা (টাটু) লুচিংবা ওয়না শগোন কয়াম খুদোন তৌরমী ত্রিপুরা নিংথৌদা। মহারাজ রাধাকিশোরসু ত্রিপুরাগী "শামু" খুদোন তৌখি মনিপুর মহারাজদা। মনিপুরদা "তাংখনলা" হায়না থংনখি। মহারাজবু থৌগল তৌন লোয়নারকপা মৈতৈ থরদি তখেনদা লৈহৌরে। মৈতৈনা মৈতৈবু শক থংবা হায়-

বন্থ ওয়বানরা মনিপুরগী শগোন কনাহ্ন শিজিন্নবা ওমদরে। থোয়দোকনা 'মোয়রাং তোনজাও কারবা' দি অতৌবা (রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত) নত্তনা অতৈ কনানাহ্ন লাকশনবা ওমখিদে হায়।

মনিপুর নিংথৌ লেংখিবগা মহারাজ রাধাকিশোর তীর্থ যাত্রাদা বানারস চৌখরে। লাইগি নোংদম হাওবা গাডী এক্সিডেন্টনা মাচ ১২, ১৯০৯ খৃঃ বেনারসতা কৃষ্ণথুয়া ফংখি।

চহি ২৫ শুবা যুবরাজ বীরেন্দ্র কিশোর মার্চ ১৭, ১৯০৯ খৃঃ রাজগদ্দি ফমদুনা রাজ্য শাসন পাখখি। ১৯০৯ নভেম্বর ২৫, রাজ অভিষেক তৌদুনা ত্রিপুরাগী ১৮৩ শুবা মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর মাণিক্য ১৯০৯ খৃঃ দগী ১৯২৩ খৃঃ রাজ সিংহাসনদা লৈরম্মী। মনিপুর মহারাজ চূড়াচাঁদ রাজ অভিষেকতা ত্রিপুরাদ অমুক লেঙকখি।

মহারাজ বীরেন্দ্রকিশোর মপাবুং মবুংথৌ নিংথৌশিংগুম মওম পুন্নমকতা মগুন লৈবা নিংথৌনি। মহাকবি শিল্পীগী পুদমদি ভঙ্গি ফাওবা প্যালেসকী নোংপোক থংবা "লাল মহল" কুঞ্জবনগী প্যালেস লৈরী। লালমহলগী শিল্প নৈপুণ্য, কুঞ্জবন প্যালেস মপানদগী উবদা থাক অনি শুবা প্যালেস হায়গনি, ভাংসংবদ নত্তে।

লর্ড কারমাইকেল ১৯১৫ দা লোনালদে ত্রিপুরা পরিদর্শন তৌবা মহারাজকী মতমসিদনী। মতমতদা আগরতলা উদয়পুরগী মরকতা হাওডা তুরেন মথকতা চাওরাবা য়োংবী "খোং" কারমাইকেলগী মমিংদা কাংলোকখি। শা, উচেক, শজী, শভায়, ক ওক শওোম ময়াম য়োকতুনা চড়িয়াখানা ( ZOO ) শেমখী খোসবাগান মনাকতা। হায়রিবা "খোস-বাগান" লম্পাক ত্রিপুরা নিংথৌদগী ( ক্রয় ) লৈরাগা জামাই ( অভ্যাংইবুঙো ) নিংথৌদা আটনপোৎ ওয়না দান তৌখি। নেপালগী জ বাহাদুর, ত্রিপুরা মহারাণী প্রভাবতী দেবীগী মপাবুংনা। মখোয়গী ইনাখিনী হায়।

১৯১০ খৃঃ সনসম্ কামিনী কুমার সিংহ পুলিশ সুপাঃ ওয়না রাজকার্যদা সরুক য়ারে।



মহারাণী তুলসীবতী (পোড়োমশিমা তুলসীবতী)

ত্রিপুরা ( ভারত ) গী রাজকার্যদা লাংগাথুবা স্নাথা কোকচাও স্নাগী ( মন্ত্রী ) মথং সনসম্ কামিনী কুমার না অনিশুবা ফমনায়না ওয়খি।

আওয়া লানগায়বাদা মনিপুরদগী থোকলক্লপা মৈতৈ ময়ামতুগী থব অমা আগরতলাগী আওয়াং সোনাই তুরেন মপান্দা খুন্দাখিবা হৌবদা "লিমাবমনা" হৌদোকখিবা খুন লৈকারক বামুটিয়াগী "লিকমান খুমন" কারনা থংনরি। মনাকতা ধর্মগড, বাজালঘাট, সাতভুবিয়া দা মৈতৈশিং খুন্দানি। ময়ামসিবু

লৌতনা "বামুটিয়া পরগণা মিংথোনদা হৌজিকন্থ লৈরি। মহারাজ রামগংগা না বামুটিয়া পরগণাসিবু "বৃন্দাবনদা" "রাসবিহারী" গী মন্দিরদা সেবাগী দমক দেবোত্তর ঙৌংমখী। লিমাবম চরণসিংহবু নিংথৌনা তহচিলদার হাপখৎমি হায়। বামুটিয়াগী লৈকায় অমাদা সনসম্ মুকুন্দপুর বৃন্দাবনদা যাওখী। মচা ইবুঙো হেমবর্ণ কানজেনবা মতম লমথাং ঙোংঙৈ মরিল্লা পোকপনি হায়। খুমনথেম চন্দ্র চন্দ্রেশ্বরী মহারাজ ঈশানচন্দ্রগী পাটেশ্বরীগী মরিদগী সনসম্ নিংথৌগী ঙায়শেন ওখি। মহারাজ ঈশানচন্দ্রগী মচা ইবুঙো কুমার নবদ্বীপচন্দ্রদা (কৈশাম লৈরা অভিন্দধীনা পোকপা) সনসম্ চন্দ্র নিরূপমাবু থাজখি। ঈশানচন্দ্র মহারাজ লোংগাখিবা মতুং বীরচন্দ্রনা নিংথৌ কম লৌখিবদা মনাও ইবুঙো নবদ্বীপ চন্দ্রগা ফুভায় নদছনা ত্রিপুরা। আগরতলা খাদোকতুনা কুমিল্লাদা লৈখি। বামুটিয়াগী সনসম্ হেমবর্ণ মণ্ডলিপাবু মঙোমদা থাজেক নংদাহনা মচা মণ্ডশিং পুন্না মহারাজকুমারগ লোয়নাহনা কুমিল্লাদ লৈখি। সনসম্ নবকুমারগী ইবেমা অরামবম্ চন্দ্র চন্দ্র কণানা 'সনসম কামিনী কুমার ১৮৮৩ খৃঃ ওয়াকচিংদা পোকলে। রাধাকিশোর মহারাজনা নবদ্বীপ বাহাদুরবু অমুক আগরতলাদ পুনকপা মতমদা সনসম্. কৈশামগী ইমুংশু যাও কলে। মথোয়বু হৌজিককী জেইল-খানাসিগী মফমদা লৈহনগা মতুং ওলেন্দর বামনলৈমাগী মফমদা লৈহনখি। সনসম্ কামিনীকুমার ১৯০৯ খৃঃ মন্ত্রী ওখি ১মুং বীরবিক্রম মহারাজকী মতম কাওবা মন্ত্রী ওয়রমী। মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরনা

"রাধামাধব" কী মণ্ডপতা অধিবাস কৌহনা কৎপা "মহাধুমেন" ওনা ওসি কাওনা পইতে দর্শন, তাবা কংজি হায়। তৌবাথুদি মসিদিগী মমাংদা বামুটিয়াদা আওয়া আকিয়াবদগী ইংরাজগী পেন্সন কংনালাকপা অহন অমনা "ধুমেন" কৎখি হায়, মথং মহারাজ রাধা-কিশোর না রাধানগরদা ধুমেন কৎখি। রাধাকিশোর মহারাজনা নিংথৌখুবম (১৮৯৬খৃঃ) কংনগা "ইবুধৌ" পাথংবা হারাওখিই হায়। বীরেন্দ্র কিশোর মহারাজগী ধুমেনদা ১৯১৬খৃঃ মনিপুরগী ওবাশিং মখাগী থাংকোকপা, ওবা শন্যান তুবানবা, মাধ্য নিতাইপাদ, চাওবাল্ল মৈচাহা ত্রিপুরাগী ওঝা হাও।, ওঝা যোগেন্দ্র, মহেংবম পাতন সারাংবম্ রতন, অহৈবম কোত্রা ওঝা শিবজয়, ঙাংবম ইবেতম্বীনা চিংবানা "মহাধুমেন" মপুং ফাহনখি হায়। মাইল ১০/১৫ রোম থাগ্নাদগী নোংমা মমাংদা ভাবোক বৈষ্ণব ময়াম আগরতলাদা লাকপনা মৈ চাকখিবা মতুং লৌনা শাবা "রাধামাধব" কী অচৌবা মণ্ডপতা মফম চনখিদে। পাকথন থনখি হায়। কাটা থাদগী তোর্ব্বানদা বৈষ্ণব মখামগী প্রসাদি থৌরাংবদা ব্রাহ্মণ ৫০ রোমনা অহিং ফুংখিল থায়দনা হোৎনাখি হায়। আগরতলাগী মি লিংশিং ৬ রোম লৈজবণি মথকতা মৈতৈ মিশিং ৪০রাম তিনখিবা অঙকপা ঐতিহাসিকনী। মহারাজ রাধাকিশোরগী মতমদা মৈতৈ মহারাজকী মতৌ ত্রিপুরাদা "নিংথেম পালা" লিংখৎতুনা পুংবৈবা, ঈশৈ শকপা, দোহার, খোৱাং বাবু থাগী লুপা ১০ ৫, তৌনা পিহনা 'লক্ষ্মীনারায়ণ' ১মুং নিংথৌগী কর্ম ক্রীয়াগী কীর্তনগী

নমক শিন্নখি। যুবরাজ বীরেন্দ্র কিশোর মৈতৈগী পুং মতিকচানা হৈবনা মপাবুং মহারাজ রাধাকিশোরনা নিংখেম পালা নিংথং পালা মচা ইবুঙো যুবরাজস্ম "যুবরাজ পালা" লিংথংহল্লনা পুং থোনগে থৌরাংখি। রস তত্ত্ব খংলকা মহারাজনা মচা ইবুঙোদা হায়— মৈতৈগী কীর্তন-ভাব কীর্তন রস পকপী কীর্তনদা ঐথোয় শাক্তনা পুং, ঈশৈ শকপা মৈবা ১মুং কায়রাগা অপরাধীগী মশকনী হায়না থিংনি।

(১৯১৪ খৃঃ) অহানবা লানজাও মতমদা ত্রিপুরা নিংথৌ বীরেন্দ্র কিশোরস্ম ইংরাজগী লান মতেং ওয়না লানমি থাবদা মৈতৈ মচা লানমিশ্ন য়াওখি হায়। মতমহূদা মৈতৈ খুনজাও লৈপাক তিয়হনা লানথে নবাগী ওজা ভানাবহূগী ওয়াগী ভাব ফঙি।

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ত্রিপুরাবু মহাককী মমুম ওয়না লৌখি। রাজনীতি, রাজ্যশাসন, রাজ্য ঙাকশেনবা, সাহিত্য, সংস্কৃতি মখমদা ত্রিপুরা নিংথৌগী ঙাকম অমা ওয়না কবিবু লৌশিনখি।

কবিগী ইংগিতনা সমরেন্দ্র দেববর্মাবু ভারত ওয়াংমা আমেরিকাগী হার্ভার্ড ইউনিভার্সিটিদা লাইব্রিক তম্বা থাখি। কবিনা পাম্বাগী রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত ( অতোম্বা )বু শান্তিনিকেতনদা মৈতৈ জগোয় তম্বীবা থাখি মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরনা ( ১৯১৬খৃঃ )। শান্তিনিকেতনদা মৈতৈ জগোয় তম্বীবা অহানবনী, জগোয়দা নকনা ফিরোনশাবা ১মুং অতৈ অতৈ কুটিরশিল্পস্ম শান্তিনিকেতনদা হৌদোকলমী অতোম্বানা। মথংদা পাঙনবম্ ওজা নবকুমার, রাজকুমার চন্দ্রজিৎ, থোঙাম বসন্ত, সিলেটকী নীলেশ্বর মুখার্জি শান্তিনিকেতনদা জগোয় তম্বীখি ১মুং মৈতৈ জগোয় নৃত্যনাটিকদা রূপ পিনা হৌখি।

ত্রিপুরা নিংথৌগী বসন্ত উৎসব অচৌবা উৎসব অমনি। বসন্ত মচুগী ফিজেৎনা রুপী, নিপা পুম্নমক বসন্তবু অভ্যর্থনাদা অচৌবা উৎসব ওয়না শিনথানৈ। প্যালেসকী আওয়াং থোঙা আম্রাবলগী শগোলনং লম্পাক তা মৈতৈগী "হনত্রে হুমকুম্" হায়না ওজা মকনা নিংখিনা শাৎবা 'কাংজ্রম" লংহূনা শনবা "পোংকাটে শানবিবা নাশারোল তমজরাং ওয়না মচু তাদনা শানবা উবদা জঙারঙবা কোংদোকহূনা কাচাড়গী লৌনা লাকপা থোঙাম পার্থনা নিংথৌগী য়াথং লৌহূনা নিংখিনা শান্নবাদা নিংখিনবা মিংকী কুম্মৈ ওয়খি। ১মুং নিংথৌগী অপেনবা ওয়খি। রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত (অতোম্বা) না থাং খোশাদনা অয়ুংবা লকুবু মকক ৭ ( তারং ) ককপা কাওবা তুদবা থাংশী লীলা অঙকপাগী ওয়াগী মৈতৈ খুনকতা লৈখি। এম, বি বি কলেজকী আওয়াং লমপাক ১মুং হোস্টেল মনাকতা লৌনজম মহারানী রাজেশ্বরী গী মমাম্বা রসমোহন ঠাকুর (টিলা)গী চিংথক বসন্ত উৎসব পঞ্চমী মেলাদা লৈপ্ হুমায়, লৈ, নাচম লৈপরেংগী ম'ঙাং মঙোংনা "একজিভিশনম" উৎসব লৌবাহূ লৌজিকস্ম রসমোহন টিলাগী মেলা হায়না খংনরি।

মেলাদা লৈপরেংনা তাওরি। পাখং লৈশাবীনা লৈপরেং শিন্নবাগী ওয়াথোকস্ম থোকলি হায়। অসিগুম্বা কৃষ্টি, সংস্কৃতিগী থৌরমনা উৎসব তৌবদা "কবি রবীন্দ্রনাথস্ম বার্তোন তৌনা য়াওজরী মহারাজ বীরেন্দ্র

কিশোরনা।

ভারত সম্রাটকী দিল্লী দরবারদা (১৯১১ খৃঃ) খুদোন পিনবা ত্রিপুরাগী মমিং চংলাবা শামু ময়াগী লিকক, মষ্টি ১মুং অতৈ অতৈ মখক নায়রবা পোং, চৈ কোওয়া (সুপারী)গী চৈত্তনা চিংবা শেম, শানবা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত (অতোম্বা) ১মুং মনিপুর শিংজমৈগী ময়াম্বুংশিং ম্যাথ্যা লৈকোনম্না, গোলামজ তম্না চিংবাদা শিন্নখি হায়। দিল্লী দরবারদা অতোম্বাবুম্ন য়াওহনখি হায়। মতমসিদা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহগী মনাও ইবুঙো বাবম্না খুইান ওয়খিত্রনা মেমগী লোয়নদা H L Leonard মিংথোন দা রেংগুনদা য়াম্না চাওনা ঘড়িগী দাকান তৌরি। সাহেব আগরতলাদা লাকখি। য়েচ্ছনি হায়না সাহেববু খুমনশেম কীর্তিধ্বজগী মমাং শংগোয়দা থমমি। টেবিল মথকতা চাক পিজবদা মতম কুইনা মৈতৈ চিনজাক চাদবনা হিনজা দা মোশোক শাবাবু "মুংশা শারে" হায়। মনাও ইবুঙো সাহেবনা থৌশিনহনা ইংরাজ সরকারনা কয়েদীগী SPECIAL "হাতকড়া" তালা শানবা অতো-ম্বাবু রেংগুনদা কৌখি। মতমসিদা আগরতলা রাজধানীদা লৈবা মৈতৈশিং নিংথৌগী মঙান-না চাওখ্না লৈরাম্বা মমাংগী নিংথৌগী "চৌথায়" অতৈ লৈত্রে। নিংথৌগী নকনাবা ভায়শেন থর "শরপোষ" কৌবা, থরা অমা রাজা সরকারগী ১মুং নিংথৌগী পারিষদ ওয়না থাগি শেন ফংবা নত্রনা অতৈ মীওয় আওয়াবা ওয়। মৈতৈ রূপী ফিরোন শাবা, কাংথন শাবানা ওয়াহ্না ওয়। মুঠাদা অনা অহুম, সিকি পিবা লংনা কাংথন (খুত্তপ 2½ × 8) অমদা সিকি অহুম লুপা অমা পিবা মতমনি।

মৈতৈ কাংথন মমিং চংলাবা কাংথননী। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মনায় নূপী ইবেমা অমম্ব কাংথন শাত্রনা শেন তানবাদা চোংথা-মগী পুংযৈবা ওঝা গোকুলচাঁদকীদা লৈরমমীম্ব হায়। মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা ত্রিপুরাদ অহানবাগী ওয়না "কৃষি ১মুং শিল্পগী" একজিভিশন হৌদোকখি (১৯১৮ খৃঃ)। জাপানী তাঁতলা কাংথন শাবা, ইনশাবাগী মংমদা মেডেল ফংখিবা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত (অতোম্বা) নি।

মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা থলেশ্বর ১মুং বনমালীপুর মথকতা চেনবা হাওড়া তুরেন থৈখিত্রনা হৌজিককী ওয়াটার সাপ্লাই লৈরিবাসিংগী থা শোমদা পুখিত্রনা জগড়িয়া মড়াদা তুরেনগা শমন চনশি গোল-বাজারদা। তুরেন মপানদা হৌজিক গোল-বাজার লৈরম্বা আফিস আদালত পুম্নমক লোয়না নানা শাবা দালানদা হাংজিনখি। উড্‌বারন অটিজন স্কুলগী মমিং ওনথোকত্রনা "শিল্পাশ্রম" মিংথোনদা হৌজিকগী জেইল রোডকী নাংপোক থংবা থলেশ্বরদা হোংজ-নখি, রাজকুমার বুদ্ধিমন্তনা সিনিয়র স্বপাঃ ওয়না মতমনি। উ তুবা, থাং শাবা, কান হৈবানা চিংবা তম্বীবদা চাত্রশিংবু থাদ লুপা ২, ৩, বুত্তি পিরমমি। মনিপুর, কাছাড়দগী মৈতৈ মচা লাকত্রনা তম্বাগ্র য়াওরি। মনি-পুরগী মোত্তবী পালাদা তোড়োগী লীলা আগরতলাগী, ত্রিপুরাগী মৈতৈ শিংনা ওয়াত্রি ওয়না লিনাবা হৌজিকম্ন অহর্মশিংজগী তাব ফংতি। মনিপুরগী ফাগী পালা, লীলা আগর-

ভলাদা লাকপাদা অহানবগী চাং য়েংবা হায়বসি "তোনজম ময়ুম" (রসমন ঠাকুর) থুমনখেম ময়ুম, (কির্তীধ্বজ ঠাকুর) নিংথেম ময়ুম (অঙোম্বা) দা লোয়বা য়াক্সবনী। চাং য়েংবা মতুং অতৈ অতৈ খুল্লকতা চথখি। হৌজিককী বনমহোংসবনি হায়না উ, হৈবা, লৈরাং থাবাসী উৎসব ওয়না তৌজ্রাবস্থ স্নাথ্যা অঙৌস্নান থারম্বা বট পাম্বী



রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত (অঙৌম্বা) ১সুং সিডা কাবকলৈ।

অনি হৌজিককী ক্রেফট টিচার্স ট্রেনিং সেণ্টার মমাং জেইলা রোড মথকতা সাক্ষী ওয়না লৈরি।

মহারাজ চীন্দ্র কিশোর মচনপী কুমারীশিংনা "নূপী করতাল" শকপদা পু খোনবদা "কোকখোনদা" বেটারীনা থানবা 'বাদ" ময়াম লৈপরেংগুম ভানচনা লৈতংবা, পুংগী মরু মনাওদা খুৎ থাবা খুদিংগী "বাব" ময়াম হুনা খংপ্রেক খংপ্রেক ভানবাগা লোয়নানা "কোকিলপ্রিয় তাল"গী উংশিনবা মতমদা নিংথৌব খোগন তৌনা তুং ইল্লিবা অঙৌম্বা (রাজকুমার বুদ্ধিঃ ৬) বু রাজকুমার বাজাও, সনা য়েম্বু হায়না য়াথং তৌবা, মহারাজকী পালানা মহারাণীদগী হেল্লে কায়হনগে হোংনাবা। মহারাণীনা স্নাথ্যা নিতাইপাদ ১সুং মতিক চারবা পরুম্বা পাওনবম নবকুমার কুমুদবন্ধু চিংবানা মহারাজগী পালানা করি হেনজনগদে হায়তুনা মহারাণী প্রভাবতীবু থাগৎতুনা "নূপী করতাল"গী খোনমশিংও ভসি নিংতম্রক চাওখৎলে। হায়বা মতমসিদা মৈতৈগী সংস্কৃতি অপুক চাওখৎলমমী ভায়বাগী মঙানদু মমৎথরকপা নত্তনা অতৈ ভানখৎত্রে।

মতমসিদা স্নাথা নিতাইপাদম্বা, (রাজকুমার জীতেন্দ্র) মণিপুরগী শ্রীযুত চূড়াচাঁদ মহারাজকা শুভায়নদবা ১মুং মহারাজকী "খানা" ভায়বাক্ক লৈবা মতম স্নমা ওয়বানা নহি পরগী মনিপুর থাদোকতুনা নবদ্বীপ, কাচাড়, চামাই, বড়ইতলী, ত্রিপুরাদা পোথা পোথানা সেবক শিংদা সেবা ফংহনবা মতমনি।

স্নাথা নিত্তাইপাদ স্নানা (রাজকুমার জীতেন্দ্রজিৎ) হৌজিককী বাংলাদেশকী 'ছোট থামাই" জন্নী পোঃ দক্ষিন ভোগসু ভায়বা

মখম শ্রীনাওয়াং শিংকগী মুমদা চহি শরগী মমক সংস্কৃতিগী "রাজপাট" স্থাপন তৌখি-মারে। মমখসিদগী আগরতলা, কৈলাসহর মতমখরগী কাকাড়, লক্ষ্মীপুরদা লেংহুনা মৈতৈ সংস্কৃতি সেবা তৌবাগা লোয়নানা সংস্কৃতি সেবীশিংবু ঊখোপিখীবা মতমনি।

মচাইবুঙো শিংগী ওয়াখল ১মুং শ্রীশ্রীপ্রভু প্রভুগী সেবাগী ওয়াখল্লগ মংক মংকতা শ্রীধাম নবদ্বীপতাসু লেংলবা নত্তে।

ত্রিপুরাগী নিংথৌ বীরচন্দ্র মহারাজ মতম দগী মৈতৈ সংস্কৃতি ঈশৈ ১মুং জগোয়দ কোক্লুংগী মওংদা রূপান্তর ওয়বাগী খংথা হৌরাগনু মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা স্নাথ্যা জিতেন্দ্রজিৎ শম্বা রসজ্ঞ সঙ্গীতজ্ঞনা আগরতলাদা শংবিরকপাদা ত্রিপুরাগী সংস্কৃতি জগংতা অনৌবা রূপান্তর ওয়বা হৌরি হায়না যায়। মৈতৈগী পুং ঈশৈ ওঝা গুরু শিংগী খুৎতগী "কোরবেক" না সেবক শংগী নাম কংবা ওয়রম্মী। মহারাজকী মতমদা কোরবেকশিংগী অমা অনি ছাপা মংখকনা "উন্নম্" তৌখিবা (১৯২৬—২৪খৃঃ) ইবুঙো ইবেমাগী লীলা "বিপ্রলব্ধা" লাইরিক অমা অনি কনাগুম্বা ওঝাশিং সাহিত্যিকশিংদা লৈরম্বা যায়। নিংথৌ বীরেন্দ্র কিশোর ১মুং স্নাথ্যা নিতাইপাদ শিল্পী অনিগী "মিলন" ত্রিপুরাগী সংস্কৃতি জগৎ 'মৈতৈ সংস্কৃতি চশৈ ১মুং জগোয়" দা অনৌবা রূপ, শকতম্ "নৃত্যনাট্য" কোংদোকখী হায়বা যায়।" "বৃন্দাবন বিলাস" "চাঁদ কুমুদিনী" নৃত্যনাট্যদা বাংলাগী "নৃত্য-নাট্য" রীতিগী মতুংদা মৈতৈগী 'রসকীর্তন" খুবাক ইশৈশিংবু নাট্যদা রূপান্তর তৌবাহুনা পরবর্তী অধ্যায়দা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী "শাপমোচন, চিত্রাঙ্গদা" নৃত্যনাট্যগী শকতমসী লাকখী। পাঙনবম ওঝা নৃত্যগুরু নবকুমার, পাঙনবম ওঝা কুমুদ ঠাকুর ওঝাশিং স্নাথাগী কৃপা কংবনা বিশ্বকবিগী নৃত্যনাট্য গী মশকপু "রূপ" পিবদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ওমখী ১মুং ভারতকী সংস্কৃতি জগংতা অনৌবা মঙান পুথোকখি। নৃত্যনাট্যগী নেপথ্যদা স্নাথ্যা নিতাইপাদকী অবদান কনানসু থংজবগ



নৃত্যগুরু ওঝা পাঙনবম নবকুমার

সংস্কৃতি জগংতী "ঋণী" নি। মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর ১মুং কবি রবীন্দ্রগী থোয়দোকনা ডংশিজরবা ওয়রাগা লোংগাখ্রবা মহারাজ রাধাকিশোর ১মুং থাঙাম লৈমা রূপমঞ্জরীগী মচা ইবুঙো মহারাজ কুমার ব্রজেন্দ্র কিশোর গী থৌশিনদগী অত্তৌয়াগী মথং পাঙনবম ওঝা নবকুম রবু শান্তিনিকেতন রবীন্দ্র সান্নিধ্যদা থাখিবনী (১৯২৬ খৃঃ)। স্নাথ্যা জিতেন্দ্রজিংকী মংমদা ত্রিপুরা নিংথৌমচা ১মুং মন্ত্রী মহারাজ কুমার নবদ্বীপ বাহাদুরনা ইখিরম্বা (১৪ ভাদ্র

১৩৩৩ ত্রিং ১৯২৩ খৃঃ ) চিঠিদা হায়রি—"ভাগ্যচন্দ্রের সময় হইতে বহু বঙ্গীয় গাস্বামী মহাশয়েরা, বৈষ্ণবপদ কীর্ত্তন সম্প্রদায় সমভি ব্যাহারে মনিপুরে গিয়েছেন। তাহাদের নিকট হইতে উক্ত সঙ্গীত শিক্ষা ও বৈষ্ণব রস শাস্ত্রের অভিজ্ঞতা লাভ করিয়া মনিপুরী গায়কগন যে একটি স্বদেশীয় কীর্ত্তনের সুর (air) সৃষ্টি করিয়াছেন তাহা গৌড় মনিপুর কলালীর সমবায়োৎপন্ন অপূর্ব্ব পরিণতি। আমি এই সঙ্গীত আবাল্য শুনিয় আসিতেছি। স্ব। জীতেন্দ্রজিৎ এই সঙ্গীতে যথেষ্ট কৃতিত্বের প্রমাণ ও পুরস্কার স্বরূপ স্বর্গীয় ত্রিপুরেশ্বর বীরেন্দ্র কিশোর মানিক্য বাহাদুর স্বা জীতেন্দ্রজিৎ সিংহকে একটি সুবর্ণ পদক প্রদান করিয়াছিলেন। তিনি প্রথম বয়সে নবদ্বীপ বাসের সুযোগ পাইয়া বঙ্গদেশ প্রচলিত মনোহর সাই কীর্ত্তন ও শিক্ষা করিয়াছিলেন।

চিঠিদা হায়রিবা স্বর্ণপদককী মতমদা অঙ্গনশিংগী ওয়াংদগী তাবদী—মতমংদা স্নাথ্যাদি লনমালীপুরদা অভৌস্না ( রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত ) গী শংগায়দা লৈরমমী। স্নাথ্যা না শংগায়দগী লেখথোকখিভেদা মচা মনায় কনাওম্বা অমনা "মেডেলসী" থৈদোকখী হায়। ১৯৩০/৩১খৃঃ মনিপুরগী স্নায়ামবুংহনগী থৌনা-দগী মহারাজ চুড়াচাঁদকী "ইনপোকপা" মানা লৌগা লোয়শনবহ্ স্নাথ্যা নিতাইপাদ স্নাগীশ্ব লোয়শিনখিয়ারে। মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা ( ১৯১৬খৃঃ ) T. C S কী নিয়মাবলী লোৎখিবে।

১৯১৫খৃঃ ( ১৯১৫ ত্রিং ) মহারাজনা ষ্টেট কাউন্সিল শেমখি ১সুং ১৯১৮ খৃঃ কাউন্সিলগী ব্যবস্থাপক সভা (Executive Council) শেম্বাঙ্গবু "দরবার" মীংথোন থোনখি। মতম-সিদা মপা ম তান মহারাজকুমার নবদ্বীপ বাহাদুরবু মন্ত্রী কম পিহুনা রাজ্যশাসন শিয়খি। মতমসিদা ১৩২৬ ত্রিং ( ১৯২৯বাং/ ১৯১৬ খৃঃ ) কৈলাসহরগী শ্রীব্রজগোপাল সিংহ না ' মনিপুরী ও কুকীভ বাশা' লাইরিক কোংখী নিংথেম্পী মতৌনা। শ্রীব্রজগোপাল বিষ্ণুপ্রিয়া শাংসনী হায়। মতমসিদা বিশ্বগাগী চিংমাংদা 'চা' বাগান লিংখৎপা হৌখি।

মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর মমাসিজা ঢাকাদৈমা ঢাকেশ্বরীগ হায়) মহারাজী রত্ন মঞ্জরীগা লোয়-াহনা মনিপুরদা লেঙ্ হুই হায়। (১৯১২ খৃঃ) মহিম কর্ণেল, সনসম্ নবকুমার, পাওনবম্ ওঝা কুমুদ ঠাকুরনা চিংবাম্ব মহারাজ থৌগন লৌবা চৎনি। ভায়শেনগী মথকতা লৈপাককী নিংথৌ অমাগী মতিক থোকপা অভ্যর্থনাদা মহারাজ চুড়াচাঁদনা আওবাংপা ওয়হনদে। মসিগী মতমদা ত্রিপুরা নিংথৌগী মতিকচারবা A D C কর্ণেল মহিমচন্দ্রনা মহা-ককী "দশীর রাজ" লাইরিকতা "মনিপুর চিত্র" হৈবিরমদা হায়রি—মনিপুর আমাদের কুটুম্ব রাজ্য। মনিপুর বলিতে গেলে আমা-দের কুটুম্বিতার তীর্থ স্থান। কারেই তীর্থে যাইতে গলে

রাজেন্দ্র সঙ্গমে

দীন যথা যায় দূর তীর্থ দরশনে

কিন্তু সৌভাগ্য বশত. দীনবেশে মনিপুরে প্রবেশ করি নাই। কারণ আমি গিয়াছিলাম রাজপারিষদ রূপে আমাদের মহারাজের সহিত। মনিপুর অধিপতি একবার রাজ

অতিথি রূপে আমাদের রাজ্যে পদার্পণ করে- ছিলেন। সে স্বর্গীয় রাধাকিশোরের আমলে। কিন্তু বিধাতার ইচ্ছায় অতিথির প্রাপ্য প্রতি দর্শন বর্ত্তমান মহারাজা মনিপুর রাজ্য যাইয়া আদায় করিয়াছিলেন। এই উপলক্ষে মনি- পুরে কি বৃহৎ ব্যাপার সংঘটিত হইয়াছিল, সে রাজকীয় আড়ম্বর সম্বন্ধে উল্লেখ করিবার কোন দরকার নাই কারণ আমি চিত্রকর চিত্রই সাহিত্যিকগণের নিকট দিবার ইচ্ছা।

নংথৌ কোম্ব দা মৈতৈগী সংস্কৃতি থৌরম রাস, জগোয়, কীর্ত্তনদা, লাংথৌ, মকারণী, কুমারী, লিংথৌমচা যাওনা তৌরাবসু ধর্মীয় সমাজকী যন্ত্রী, নীতিবু চাকতুনা উৎসব তৌনা বগী দমক শ্রীরচন্দ্র মহারাজকী চাককতগী ঈশৈ ওঝা মু লোকচাওদা ( নরধ্বজ ঠাকুর ) শিন্নখি। নিংথৌ মচল মনাও ভুবনচন্দবাগী মৈপাদো মু লোকচাওদা শবরা পবক লৈথোক তুনা তোনজম যুগল ঠাকুর ১মুং তোনজম রসমোহন ঠাকুরদা শিন্নখি মহ রাজ রাধা- কিশোরনা ( ১৮৯৭ খৃঃ )। মতমসি কাওবা ত্রিপুরা নিংথৌনা মৈতৈগী সামাজিককী মরমদা মিংয়েং তানিরমদে। মৈতৈ মযামসু চোয়না চোয়না থাপনা থাপনা লৈবনা সামাজিককী মাঙলে, শেংলে, ইনথোকদল হাযবাসি থোর থোকনা কনদামাংরে। অতুবু মথং মথং ওয়না খংমাবা, চায়বা, চাখোক চশিন তৌনারকপনা সামাজিককী ওয়াথোক থেকপা থোর মাংরে ১মুং পাওসি নিংথৌগী মকমদা য়োৱনা মসিগী মরমদা পথাপ অমা পুরকনাবগী দমক মনিপুর মহারাজগী বাবস্থাকাহিনা পান্তি পিবা ওম ত্রিপুরাদসু মনিপুরীগী দমক পান্ত ১মুং ব্যবস্থা

পিনবা শ্রী মীনেশ্বর সার্বভৌমবু ব্যবস্থাকারী হাপখিয়ে ( ১৮৯৮ খৃঃ )।

ব্রাহ্মণ ব্যবস্থা পিরগাতা সমাজকী অনুশাসন ওয়দে কারবনা সামাজীক অনুশাসনগী মরমদা য়ে শিন্নবগী মপুওয়না রাজকুমার চিত্রগুপ্ত, রঘব সিংহ ঠাকুর, নবীনচন্দ্র সিংহ ঠাকুর ১মুং রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহবু রাজবাসী মণিপুরী জাতগী "সমাজপতি" ওই হায়না লাওথোকখি কোনংগী মেথো অমদা মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর না ( ১৯২১ খৃ )। মহারাজকী য়াথং লৌতুনা মথোংনা লিচার ১মুং সমাজকী অনুশাসন তৌবাতুবু মৈতৈনা ইনদাবা, রানিং- দান রাংওয় কার। দেশ ১মুং সমাজকী যারওন মতু ইরা মহারাজ বীর বিক্রম কিশোর না "মৈতৈ সমাজ সম্প্রদায়গী ওয়াংয়-বিচার" পথাপ শিনবিদুনা (১৯২৯ ইং) ১০'৯ ত্রিং সংক্র ৯না শেঙা লৈপাক কেন্দ্রীয় সভা লেখিখি— ২৬ • ৩১'৩২।

১। শ্রীবুদ্ধিমন্ত সিংহ রাজকুমার—সমাজপতি।

২। শ্রীকুমুদবন্ধু সিংহ ঠাকুর—

সহকারী সমাজপতি।

৩। শ্রীকামিনী কুমার সিংহ ঠাকুর - কর্মকর্ত্তা।

৪। শ্রীনীল সিংহ, ৫। শ্রীগুণ্ডু সিংহ,

৬। শ্রীরাধামাধব শর্ম্মা, ৭। শ্রীসুবলচন্দ্র সিংহ,

৮। শ্রীগোকুলচাঁদ সিংহ, ৯। শ্রীনবীনচন্দ্র সিংহ

অস্টাদশ শতাব্দী লোয়রমদায় ১মুং উনবিংশ শতাব্দী হৌগৎলকপাদা ভারতকী "গুরুগৃহ" বিদ্যাবু থাদোকতুনা নোংচুপ সভ্যতা ইংরাজগী স্কুল, বিদ্যালয় শিক্ষা লৌথংলকপা মতমদা ত্রিপুরায় "পাঠশালা" অমি শিংখংতুনা ভাগ ১০৩গা বিভারম্ভ তৌখিমাংরে ( Bengal

administrative report 1874—75 )। সংস্কৃতিগী থৌরম মথকতা ১মসুং জ্ঞান, বিদ্যাগী মরমদাসু ত্রিপুরাদা মনিপুরীগী থৌদাং ইতিহাস না তাককনী।

কৈলাসহরদা অহানবা পাঠশালা বিদ্যালয়দা ওবা ওয়বা শ্রীমতি জানকী সিংহ নুপী ওয়না অহানবা ১মসুং মণিপুরীদা অহানবনী। মখক মতৌ মতমদা মহাকপুম্বা লৈতে হায়না তায়। মতমচুদগী চহি ১০ মনুংদা ত্রিপুরাদা পাঠশালা ( অহানবগী স্কুল ) ২৫ গুরে ১মসুং ছাত্র ছাত্রী ৭০০ লাইরিক তম্বাগী মনুংদা ঠাকুরলোক ৩০, ত্রিপুরী ৫২, মণিপুরী ৫৮, হায়রি। মথংগী চহিদাদি ৬৪ ছাত্রী পুম্নমক মণিপুরীনি হায়। Bengal administrative report )। ত্রিপুরবু তাক শেনবা শেখপং শাগৎপাদা মণিপুরীস্তু ত্রিপুরী আদিবাসী গুম্বা চমি কয়া মমাংদগী থৌদাং মাংনা আদিবাসী ত্রিপুরীনা মণিপুরীবু মথোয়গী শাটৈপ ১মসু তাবশেন ওয়বানা ত্রিপুরী, মণিপুরী অমত্তানি হায়না খল্লি।

প্রজাদি বু উচ্চশিক্ষাগী দমক নত্রবস্তু লাইরিক খব কৈহনবা মথৌন হায়বসি নিংথৌ বীরচন্দ্র ১মসুং মতুকচাবরা মচা ইবুঙো যুবরাজ রাধাকিশোরগী ওয়াথনদা নিংখিনা লৈ হায়নসিগী মরমদা দরবারগী রেকর্ড অমদা ১৩০১ ত্রিং ( ১৮৯২ খৃঃ ) নিংখিনা তাকলি। স্কুল লিংথং-পাগা লোয়নানা স্কুলগী ওবাশিংবু আগরতলাগী বঙ্গবিদ্যালয়দা চহিগী ওবা ৮ ট্রেনিং পিবদা ওবা ২ মণিপুরী, ২ ত্রিপুরী, ২ বাঙালী, ২ কুকী ওয়দাবা হাদে হায়। মতমসিদা ইবেমা থোঙাম তুলসীবতী যুবরাজ রাধাকিশোরগী রাণী ওয়না লৈরে। কোয়ুং মনুংদা নুপী তাবশেন, ১মসুং নুপী মচা শিংবু লাইরিক তম্বীবা হৌরে। খরলৈরগা হৌজিককী পেলেস, মমাংদা লৈরিবা দিঘী অনিগী নোংপোক শংবা "রাধাসাগর" দিঘীগী নোংপোক থংবা মপানদা ইগী শং অমদা হৌগংখিবা তুলসীবতি স্কুল ( ১৮১৬ শকাব্দ—১৮৯৪ খৃঃ ) ওসি মহারাণী তুলসীবতি বালিকা বিদ্যালয় হায়না লৈরি-বাসিনি। থোঙাম মহারাণী তুলসীবতিনা পামজাবা মতুং ইন্না ভারতবর্ষদা লৈত্রবা বেতন য়াওদনা, টিউশন ফি য়াওদনা লাইরিক তম্বারাবা বিদ্যালয়নি। নিংতম্বা মতুং ১৯৪৯ইং ত্রিপুরা ভারত-ভুক্তি ওয়বা মতমদা ইংরাজকী শিক্ষানা মপুং ফারবা আই, সি, এস অফিসার শিংনা ভারতীয়নি, ঐখোয় ইংরাজকী মথা পোনক্লে, ঐখোয় ইশানা তাক শেনজারনী, শাসনগী চুপনী শাংরে হায়না "ব্যুরোক্রেটস" শিংনা দল্লীদা কমচুনা লৈরগা" ত্রিপুরাদা নুপীগী স্কুলদা টিউশন ফি য়াওদানা লাইরিক তম্বা ফংজি হায়বা ভাবদা অতকপা চনখি। ওয়থোকতবা ওয়াখনি হায়। ১মসুং ফিস লৌনবা য়াথং তাওপাখিরকই। অদুবু রাজ্যবাসীগী ওয়ায়েংতাগী ফি লৌবা তোকপনা ওসিস্তু ছাত্রী পুম্নমক ফিস য়াওদনা লাইরিক তমলি। বিশালগড় চাকবাড়ীগী ওবা পৌনাওজম যোগেন্দ্রনা মাইল ২ রোম থাম্না খজনগর কসবাগী "বাজাদিঘী"গী থা থংবা মপানদা বটপাম্বী মখাদা লৈবা চিংথামগী মতপতা লাইরিকপং হৌগত্নুনা লাইরিক তাকপিবাগী "কসবা পাঠশালা" ( ১৯০৫ খৃঃ ) লিংথংপা বটপাম্বীত হৌজিকস্তু সাক্ষী শয়না লৈরি।

স্কুলসিদা তম্বা ওজাগী ছাত্র খুমনথেম্ মাধব

স্কুলসিংগী ওবা ওয়রমমী। হৌজিক অবসর কংহনা ওবা খোয়না শেমগং শাগঙ্গবা অঙাংশিংগী লীলা দর্শন তৌবাগা লোয়নানা "নাম" শোনহনা মতম চায়রি। লাইরিক তম্বা শং (বিদ্যালয়) দা লাইরিক তম্বা হৌবা মতমদগী ত্রিপুরাগী ঠাকুরলোক ত্রিপুরী, ১মুং পার্ব্বত্য জাতিগা লোয়নানা মনিপুরীস্ বেতন কিস্ য়াওদনা লাইরিক তম্বা য়াবগী অধিকার লৈরম্মী। লাইরিক তম্বাদা নতনা মনা (পুরস্কার) পিবাদগী পর্ব্বত্য জাতিগা চপ্ মান্নানা পিবাগী মরমদা মতমদুগী ১৩২৩ ত্রিং (১৯১২ খৃ) সরকারগী গেজেট অমদা হায়রি—

বিগত ১৩২২ ত্রি' সনের ৭ই আশ্বিন তারিখে নিয়মাবলী স্কুলের ৪র্থ ও ৫ম (ক) শ্রেণীর এবং পাঠশালার ২য় ও ৩য় (ক) শ্রেণীর বর্ত্তমান সনের পাঠ্য তালিকার ৬ষ্ঠ ও ৭ম (ক) শাখা এ রাজ্যবাসী মনিপুরী, মগ এবং ত্রিপুরী, কুকী রিয়াং প্রভৃতি যাবতীয় পার্ব্বত্য বালক বালিকা-দিগণের পুরস্কার পরীক্ষা সংক্রান্ত সারকুলার প্রচারিত হইয়াছে।

অহুগা ছাত্র বেতনগী মরমদা—

১৩২৬ ত্রিং (১৯১৬ খৃঃ) ১লা বৈশাখ গেজেট অমদা হায়রি উমাকান্ত, বিলোনীয়া, কৈলাসহর উচ্চ শ্রেণীর (H E School) ইংরাজী বিদ্যালয়ের ছাত্রগণকে কুমিল্লা জেলা স্কুলে প্রচলিত ছাত্র বেতনের অর্দ্ধেক হারে দিতে হইবে। কেবল ঠাকুর, মনিপুরী, ত্রিপুরী ও পার্ব্বত্য জাতীয় ছাত্র সমূহ পূর্ব্ববৎ বিনা বেতনে অধ্যয়ন করিবার অধিকার হইবে।

লাইরিক তম্বাদা নতনা লোনগী মরমদা ত্রিপুরী লোনগা লোয়নানা মনিপুরী লোনসু রাজ্যদা তমদবা, খংদবা য়াদবা অমা ওইনা তৌরমী। পুলিশকী ডিপার্টমেন্টেল পরীক্ষাগী মরমদা সরকারনা কোংবা ১৩২৯ ত্রিং (১৯১৯খৃ) ১৫ই চৈত্র মেমো নং২৫১ হায়রি—বাঙ্গালী বা হিন্দুস্থানী কার্য্যকারকগণ মধ্যে ত্রিপুর ভাষার ও মনিপুরী ভাষায় যাহারা পারদর্শিতার সহিত পাশ করিতে পারিবেন তাহাদিগকে ২৫ বা তম্মূল্যের কোন জিনিষ পুরস্কার দেওয়া যাইবে। যাহাদের মাতৃভাষা ত্রিপুর বা মনিপুরী তাহাদের পক্ষে এই নিয়ম প্রযোজ্য হইবে না।

৪র্থ বিষয়—(মৌখিক)

১। ত্রিপুরা ভাষা
২। মনিপুরী ভাষা
) Optional

মতম থর য়া হকচাং ইরাগা চহি ৪০ শুরবা মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোর ১৩৩৩ ত্রিং শ্রাবন ২২ (১৩, আগষ্ট ১৯২৩খৃঃ) নিংথৌ কাবা গুমিংঙুংগা মতু পুং ১তার মতমদা অনন্তধামদা লেংলিয়ে। যুবরাজ বীরবিক্রম না রাজদণ্ড পায়রে। নাবালক ওইবাগী মরম্মা শাসনভার মহারাজ কুমার নবদ্বীপ চন্দ্রবু সভাপতি ১মুং মহারাজ-কুমার ব্রজেন্দ্র কিশোর সহ-সভাপতি ওয়হনা শ.সন পরিষদ না পুখি।

১৯২৮ খৃঃ জানুয়ারি ২৯ (১৫ মাঘ-১৩৩৭ ত্রিং) ত্রিপুরাগী ১৮৪শুবা মহারাজ বীরবিক্রমগী রাজ্যাভিষেক ওয়খি।

অভিষেককী মমক মহারানী তুলসীবতি স্কুলগী আওয়াং থংবদা হৌজিক হাজ্রী বোর্ডিং লৈহিবাসিদা অচৌবা পুখি মেনসিনহনা অভি-ষেক প্যাণ্ডেল শাগংখী মার্টিন কোম্পানীনা।

অভিষেক মতমদা বড়লাটকী প্রতিনিধি ওয়না বা লা গভর্ণর জেকসন সাহেব য়াওরিহনা

খিলাও পিরথী। বোবর ১২৫ গর্ভর্ণরদা নজর তৌখি মহারাজনা। অবুক পুং ৮.৪৫ মিঃ উজ্জয়ন্ত রাজপ্রাসাদতগী "শ্রীশ্রীলক্ষ্মীনারায়ণনা" মাং চিংবিছনা ১সুং লক্ষ্মীনারায়ণগী মাংদা "মৈতৈগী কীর্ত্তন" না লুচিংছনা অভিষেক মণ্ডপ কাওবাগী রাজকীয় প্রোশেসন অতকপনি। মোংপোক ভারততা রাজকীয় থৌরমদা অসিগুল্বা উৎসব মমাংদসু ওয়খিদে। থাপ্র থাপ্রণ মকমদগী খোংনা ছিমা লাকপাসু কাওখি। মতমছুদা "আখাউড়া" রেলষ্টেশনদা টিকেট ৮০,০০০ য়োনখি হাব। রাজাভিষেকক্রা লোয়নানা কোসুংগী নোংপোকতা লৈবা উজীর বাড়ীদা "ভাগ্যলক্ষ্মী পেস" হায়না বেসরকারী ছাপাখানা চৌগংখী (১৯২৮খৃঃ)। আগরতলা মিউনিসিপ্যালিটি এলাকাদা লাইসেন্স পিছনা আগরতলাদা পৌচনবা চৌণী "চাওয়া" গাড়ী (১৯২৬ খৃঃ)। পাগী লুপা ২৫ কর পিবাগী পথাপতা "ত্রিপুরা সুন্দরী টকীজ" ১সুং "ত্রিপুরা টকীজ" হায়বা সিনেমা হোল অনি কোপনা কুপ্নুনা চৌগংখী মতমছুদা (১৯২৯ খৃঃ)।

১৯৩০ খৃঃ লিথংখি অতামবা ১সুং রাজাদা অমত্তা ওয়রাবা "ধর্মশালা"। লোয়নানা স্বর্গীয় মহারাজ বীরেন্দ্রকিশোরগী কামনাদা প্রতিষ্ঠা তৌখি "শিবমন্দির" মহারাণী প্রভাবতীনা চৌজিকখী মহারাজগঞ্জ বাজার মনাকতা।

রাজাভিষেকখী মতুং শর নৈরগা [১৬ জানুয়ারী, ১৯২৯ খৃঃ] বলরামপুর মহারাজকী মচাইবেমাবু পুত্রকখী মহারাণী ওয়না ত্রিপুরা কোলুংদা।

ভারততা স্বদেশী আন্দোলনদা কংগ্রেসনা লুচিংতকলে। নিংথৌ ওয়রাবসু স্বাদেশীকতা হুংদা কুপনা নৈ হায়বগী খুদম নিংখিনা পিখিবা মহারাজ বীরবিক্রমনি। ১৯২৮ খৃঃ কলিকাতা কংগ্রেস একজিভিশনদা ত্রিপুরাগী কৃষি, শিল্পগী একজিভিট পিছনা মহারাজনা থাবিখি এগ্রিঃ অফিসার ১সুং রাজকুমার বুদ্ধিমন্তবু। রাজকুমার বুদ্ধিমন্তনা শেমশাগা নুপী ভরুককী খুবাক ঈশৈ পালা ১সুং পুংশৈবা অনি মরগী মতেংনা জগোয়শাবা "ডায়িংট্রুপ" ১সুং দারোয়ান পুলিশকী "মথবাকত" ঘড়ি থেতপা, ঘন্টা খুদিংগী কাংশি য়েংছনা পুংজা ভাকপাহ দর্শক ময়াম অতকপা চনখি। প্রদর্শনীনা ভারতকী জননেতাশিং ১সুং মীয়ামশিং "ত্রিপুরাব" মশক থংণাগা লোয়নানা মথায়ব ত্রিপুরাদা চিংশিনগা তমখি।

মহারাজ বীরবিক্রমনা অহানবগী ওয়না লিংথংপিখি "ত্রিপুরা ষ্টেট ব্যাঙ্ক" (১৯২৫খৃঃ)। প্রজাশিং চাহ অনিগী ১০০ (চামদা) লুপা ৫ সুদ পিছনা লুপা পুবা কংনগা শিনবীখি। ত্রিপুরাগী মশাগী লানমী শেমগত্নুনা 1st Tripura Bir Bikram Rifle সেনাদল, লোয়নানা "অর্ডালী গার্ড" ১সুং "জঙ্গীবাহিনী" দগী আয়াবাশিং লৌছনা শেমখী 2nd Tripura Jungi Infantry

লৌকম নিরছনা, উমংলাকমন শেংদোকছনা অনৌবা খুন্দাহনবগী থবক পায়খংলি ১সুং কৈলাসহরগী থল ট, কুলাই হাওড়না অহানবা ওয়না পায়খংলি। অনৌবা খুন্দাহনবদা মৈতৈনা অয়াম্বা ওয়না তোই। চৌজিক "বীরচন্দ্রনগর" হাওড়, কুলাই হাওড় ভায়বাসিসু অমানি।

সনসম কামিনী কুমার পুলিশ সুপাঃ ওয়না থবক তৌরাবসু মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরনা পুলিশকী থবক তৌহনবাহুনা প্রজাপালন, শাসনগী থবক শিন্নহুনা বিভাগীয় অফিসার ওয়না থবক শিন্নখি। মহারাজ বীরবিক্রমগী মতমদা রাজ্য ঙাকশেননা, পালনগী মন্ত্রণালয়দা নায়েব দেওয়ান মথংদা "মন্ত্রী" ওয়না থবক পুনখি। মহারাজ বীরবিক্রম না ত্রিপুরী, বাঙ্গালী, মুসলমান সমাজগী শেমগৎ শাগৎপাগী থৌরম পাংথৎপাদা। মৈতৈ, মণিপুরী সমাজকী অলিখিত অনুশাসনবু" "মণিপুরী সমাজ ও সম্প্রদায় সংক্রান্ত নিয়মাবলী" শেমদুনা "মৈতৈ পাক কেন্দ্রীয় সভা" লিংখৎখি মন্ত্রী সনসম কামিনীকুমারনা মহারাজগী য়াথংদগী।

মহারাজ বীরবিক্রম মপাবুং মহারাজনা রাজ্য শেমগৎশাগৎপাগী থৌরম থোংগনখুনা রাজ্য মচুংদা রেললাইন, অফিস, ইস্কুল থকনাবা, শিল্প, বাণিজ্য, লমদেনগী মরমদা থবক পাংথৎনাবা হোৎনখি।

মেলাগড রুদ্রসাগর ইস্কুল মথায়দা লৈবা নীরমহল মহারাজ বীরবিক্রমনা শারম্বা পেলেস্নি (১৯৩৩ খৃঃ)। ত্রিপুরাদা অহানবা ওয়না B. A B L. পাশ তৌরা লাকপা মৈতৈ চন্দ্রহাস সিংহনী, মথং বাবুচাঁদ সিংহ। মখোয়বু মথং মথং ওয়না ডিভিশনাল অফিসার ওয়না রাজ্যগী কমনায়বা ওয়না থবক পুহনখী মহারাজনা (১৯৩৬ খৃঃ, ১৯৩৮খৃঃ)।

চন্দ্রহাস সিংহ স্নাথ্যা স্না চহি অহুম (নরেন্দ্রজিৎ সিংহ) গী মতমিপানি। স্নাথা চহি অহুমগী মচাইচন্দ্রা ত্রিভুবনজীৎ ত্রিপুরা লিংথোগী ডায়রেক্টর ওয়হুনা মচাইবেমা কমলাগা আগরতলাদা লাকখিবনী ১মুং থলেবই খাথ্যা কোকচাওয়ংগী মুমকমদা থুমখিবনী। চন্দ্রহাস সিংহ মতমকুইনা ডিভিসনাল অফিসার ওয়বা মতুং ত্রিপুরাদা অহানবা ডিস্ট্রিক্ট জজ ওয়খি।

আগরতলাগী সকল থা লোংপোকতা লৈবা টিলা (কলেজটিলা ১মুং রসমনটিলা) বু ইউনিভারসিটি লিংখৎপাগী দমক "বিদ্যাপত্তন" গী ভিত্তি স্থাপন তৌখি বিদ্যাপত্তন টিলা মিংথোনদা (১৯৩৮ খৃঃ)। হৌজিককী ("মহারাজ বীর বিক্রম) কলেজ" সী ইউনিভারসিটীগী মচেৎ অমানি কায়বঃ স্নায়। চহিসিদা তোংগৎখি শাবা কলেজকী বিলডিং।

মহারাজ বীরবিক্রম পারিষদশিং লোয়নানা পৃথিবী পরিক্রমা তৌবদা ইটালীগী মুসোলিনী, ১৯৩০ খৃঃ জার্মানগী হের হিটলার [১৯৩৩খৃ] গুম্বা অথাথবা মীওয়াশংগা শকখং মাকথংনখী। পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও হৌরকপা মতমদা ১৯৩৯ খৃঃ আমেরিকাদগী ময়ালেপাককী দমক অস্ট্রেলিয়া, নিউজিল্যাণ্ড ওয়না রেংগুন য়োমদা কোয়না লাকচুনা ময়ালেপাক চৌরকখি। মতমচুদা রাজাদা অমত্তং ১মুং অহানবা ওয়বা "রেডিও" গী লাউড স্পীকার না প্যালেসকী মথকতগী মহারাজকী ঈ পাও খংহনী থোরাংনা তায়বা প্রজা ময়ামদা। মহারাজপু সমুদ্রগী ইস্পিং লমথেনদা গাইড তৌহনা পুরকপা আমেরিকাগী সাহেব ত্রিপুরাদা উবাকংগী মণিপুরীগী অথোয়বা সংস্কৃতিগী নিপাখুবাক চোলোমদগী থংহৌদনা করতাল পালা ওনখিবাদা "নোংখা-ক্পাগী" মখোনগুম করতাল ময়ামগী চপমান্না মথোন। মহারাজ বীরবিক্রম সাহিত্য শিল্পকলা

১মুং সংগীতকী মথকতা শান্নবা খোংনাবদ্রাম্ন মিংয়েং তাদবা নত্তে। মপাবুং মহারাজনা লিংখৎলবা কুটবলগী "বীরেন্দ্র ক্লাব" টিম ত্রিপুরাদমু মমিং চৎলাবা টিম অমা অহনখি। মৈতৈদা বীরহরি সিংহ, গুংচাওবাব মীওোয় কনখ্রাবু কুটবলদা "ব্যাক" ওয়না তাকপাদা শিংথানবা অমানি। কুটবলগী দমক মহ বাত না কম পিখিবী লানমিগী" জমাদার"।

মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা "মল" "কুস্তি" "মুক্রা" য়াম্না লিংথানরবা শান্নবা ওয়না লৈরম্মী। মহারাজ বীরবিক্রমগী মতমদা নরেন সিংহ, মোহন সিংহ, করম সিংহ, লৈরম্মী কুস্তিগীর ওয়না। মখোয়বু নিংথৌনা থাগী তনখাস্থ পিরম্মী হায়। মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মতমদা মৈতৈ মল্লবীর "মুক্রা" শান্নবাগী লৈরমমী হায়। মহারাজ বীরবিক্রম না বলরামপুরদগী পুরকথী "৫২" আমুগী খুত্থপ অহমরোম ওয়াংবা "রুস্তম" হায়বা বামন নিপাবু মথংদা কুমিল্লাদগী পুরকথী "অবিনাশ" কুট ৭ ওয়াং চাওখি।

মহারাজ বীরবিক্রমগী মতম (১৯২৪—৪৭খৃঃ দা বাজধানী আগরতলা য়াম্না নিংথিনা শেম শাগৎপা মতমনি।

রাজধানী নত্তনা রাজ্যগী অতৈ অতৈ লমবেন, থোং- অফিস, কাছাড়ী, দালান পাকা শাগৎখি।

লানজাও লোয়বাগা নোংপোক ভারত "বাঙ্গালা"দা হিন্দু মুসলিমগী অচৌবা সাম্প্রদায়িক দাঙ্গা মথং মথং ওয়না ওয়খিবা মতম নি। রাজনীতি, সমাজনীতিগী খোলাও লাওরবমু মীওোয়বাগী চংজকম, তাজকম, হিংকমগী মকমথিবাসি লেংবা য়াদবনী। য়াম্না খোম্নাবা, লুঠ তৌবনা থাংবা য়াজবাদা হিংকমগী চংজকম অমা নকনা লৈরে হায়বাসি উহনা ঢাকা, নোয়াখালীগী হিন্দু ময়াম নিংথৌ লৈবাক ত্রিপুরাদা চংশকখি। নিংতম্বা মমাংদগী লাকখৎপা নোংপোক বাংলাগী রিফিউজী হিন্দু শিং গুসি নিংতমলাবা মতুং চহি ৩০ রোম শুরবা কাওবা মখোয় ত্রিপুরাদ লাকপা লেপত্রি। ত্রিপুরাদি লৌমপু য়োংনা তারে। আশ্রয় লৌববা মখোমনা য়ামলে। লানজাও মতুং বৃটিশ ভারত ১মুং নিংথৌপানবা লৈপাকশিংগী জনতা য়াওহৌথী। ত্রিপুরাগী মৈতৈ সনসম্ কামিনী কুমার সিংহগী পৃষ্ঠ পোষকনা রাজকুমার রনজিৎ, রাজকুমার মাধবজিৎ, রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ শুম্বানা মৈতৈ ময়াম খোমহনা লিংখৎখী ত্রিপুরা রাজ্য মনিপুরী শিক্ষা সমিতি ( ১৯৪৫খৃঃ )।

মৈতৈ খুংগংদা লাইব্রিক তমকমৃথং কুলগী দমক হৈরাং পুরকখি শিক্ষা সমিতিনা লোয়নানা ইমালোন মনিপুরীনা লাইরিক তম্বাগী খোলাও পিবা হৌখি।

১৯৪৭হৈং আগষ্টতা হোংখি ত্রিপুরাদা অহানবা মৈতৈলোন থা। থায়গী চেকোং "খোঙ্গেল" রাজকুমার মাধবজিৎনা ইডিটার ওয়বিহনা।

মহারাজকী মনাও ইবুঙো মহারাজ কুমার হেমন্ত কিশোর দেববর্মা গোয়াহ বিভাগকী ডিভিশনাল অফিসার ওয়না লৈরিবা মতমনি। মপাবুং মহারাজ বীরেন্দ্র কিশোরগী মচাইবুঙোনী হাথবাগুম মৈতৈগী "পুং" থোয়দোক হেনদোকনা পাম্না তৌই। মহারাজ-

কুমারগী মতমদা খে মাই ১মুং থংনবা বৃটিশ কী "বিবগাও"গী মৈতৈ মরাম মৈতৈগী সংস্কৃতি খুবাক ইশৈ, ইশৈ, কীর্তননা চিংবা অরেপ্পা লৈতু'না চখবদা আওপ্পা আনা কাওথিবা মতমনি। ধর্মনগরগী ওঝা কানজোবম গোলাপ "পুংয়েবা" মহারাজকুমারগী মতেংদা শিংথানবা অমানি। মনিপুরগী ওঝা পুরেন 'যদুনাথ"কী "দ্বাদশ রাজমেল" বু "মৃদঙ্গলহরী" মিংথোনদা পুংলোনসিবু তাল, মাত্রা হাপত্তুনা হাপা তৌথোকখি মহারাজ কুমারনা ওঝাগী মতেং লৌদুনা (১৯৮২ই)।

মতমসিদা নোংপাখিবা মনিপুর মহারাজ চূড়াচাঁদকী শ্রাদ্ধ কর্মদা পোপাংপুদুনা মহারাজ কুমার হেমন্ত কিশোর, মহারাজ কুমার যতীন্দ্র (ছুটুবী কর্তা) রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত, চন্দ্রহাস সিংহবু থাখী ইম্ফালদা মহারাজ বীরবিক্রমনা (১৯৪২ইং)।

ভারত নিংতমলে, মনিপুর. ত্রিপুরারাজ্য ভারত মঙ্‌ঙ চনখিবনা নিংথৌ পানত্রে. নিংথৌগী রাজ্য, নিংথৌপানবা লৈপাক লত্রে, ওয়ত্রে, হায়ত্রে কায়রাবস্থ তায়শেনদি মুংপা য়াদে। নোংগাখিবা মহারাজ বুধচন্দ্র (১৯৫৫ইং) গী শ্রাদ্ধ কর্মদা পোপাপুদুনা মহারাজ কুমার বঙ্কিম, মহারাজ কুমার হরেন্দ্র কিশোর ১'২ চিঙাবম নবীন সিংহ ঠাকুরবু থাগী ইম্ফালদা তথেন মহারাজকী মবোক ইবেমা মহারাণী প্রভাবতী না।

মহারাজ বীরবিক্রম পুর্ব্বতরী মপাবুং মহারাজশিং লৌনা শিল্প, সাহিত্যিক ১মুং সংগীত অনুরাগীনি। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মরূপ তারাওবা পোকপা ভমিংতা ত্রিপুরাগী অথোয়বা দরবার অমদা "ভারত-ভাস্কর" উপাধিনা লৈতেংবিখি কবিবু মহারাজ বীর বিক্রমনা ১৯৪১ ইং ১৩৫১ ত্রিং ২৫ বৈশাখ।

মচা ইবুঙো কীরিট বিক্রমবু ১৩৩৫ ত্রিং ২৬ অগ্রহায়ণ যৌবরাজ্য অভিষেক তৌবা মতমদা প্রজাগী থাজনা লুপা লাখ তরুক কোকপিবাগা লোয়নানা মুস্লীম প্রজাগী "লুহোংবা" গী কর "কাজিয়ানা" কোকপিখি মহারাজনা।

দূরদৃষ্টি সম্পন্ন, শরি ওয়রককনী হায়বসি থংবা মহারাজ বীর বিক্রমনি। কোঙং মসুংগী পাদগী থংবা ভম্মী—ঐহাক্না রাজ্যগী অলোয়বা নিংথৌনি, হায়রম্মী, মথং কনাস্থ নিংথৌ ওয়রারোয় হায়না মহারাজনা মমাসিজা, রাণী মহারাণীদা হায়রবি হায়।

ইংরাজ ভারত থাদোকপা তারে। মত্র মসিনা ভারতকী লুচিংবা ১মুং দেশীয় রাজ্য (নিংথৌপানবা) দগী মীওয় লৌদুনা 'ভারতীয় গণপরিষদ" শেমলে। ভারতকী সংবিধান শেম্নগী থৌরাংবদা শ্রীগুহ রাজ্যগী রাজস্ব সচিবস্থ গণপরিষদতা থাখি মহারাজনা। নিংতম্বা মতুং ত্রিপুরা ভারত রাষ্ট্রদা য়াওবাসি মহারাজকী পুক্নিংদা অথেপ্পা ওয়রাম্মী। যুগকী পোয়রৈনা ওয়রককাদৌবা উয়াবস্থ "নিংতম্বা ইনিংথৌ" মশামককী মগিংতা মীথা পোনবা করম হায়না য়েংথনী, করম কায়না খাংগনী হায়বাসি থনখিমাকে। ভারত ত্রিংতম ওয়রবাগী থাথর মমাং ভমিং তরানিমং হকচাং ইরমলগা চহি ৩৯ শুরবা মহারাজ ১৩৫৭ ত্রিং ২রা জ্যৈষ্ঠ (১৯৪৭ ইং, মে) লুম্মিজাং

পুং ৮-৪০ মিঃ তাবদা রাজধানী আগরতলাদা নখর দেহ তাগ তৌখি।

চহি ১৪গী যুবরাজ কীর্তি বিক্রম রাজাতাব্ লোরে! নাবালক ওইবাগী মরম্, মমা- সিজা মহারাণী কাঞ্চন প্রভানা রিজেন্ট ওইনা শাসন পুথিবদা মন্ত্রী পরিষদকী সভাপতি ১সুং প্রধান মন্ত্রী ওইনা শিন্নখি মহারাজ কুমার ব্রজেন্দ্র কিশোরদা।

লোংবাখিবা ত্রিপুরা মহারাজগী শ্রাদ্ধ কর্মদা রাওবা মনিপুর মহারাজ বোধচন্দ্র নি ঙেম পালাগী লোয়ননা লেংবিরকখি আগরতলাদা। নিংথৌগী কর্ম কীর্তনদা ওবা নাতুমগী "মেঘমল্লার" রাগনা পানবা ঈশৈ খোনবাদা ওবা শমদেন্না খোনবা পুং শ্রবণ, দর্শন, ফংজখৌই ত্রিপুরাগী প্রজা। "মেঘমল্লার" রাগ মিংনা উবা রাগনী তায়বা রায়। ওবা নাতুম রাজনীতি কায়দে, মতমচানা কীর্তন মপু আজ্ঞা ললা শর্মা, ইনি থৌ বুধচন্দ্র ১সুং বৈষ্ণবশিংদা হংগদে—কর্মগী মুমিং পুকমসিনা "মেঘমল্লার" রাগ না খৌগন তৌজবা তারে। প্যালেসকী আওয়াং থংবা লম্পাক শামিয়ানাগী মথাদা তিল্লাখিবা মীয়াম কণ্ঠস্বর পোৎ ফংগনী হায়বাগী মশক শ্রবণ, দর্শন তৌবা লাকখিবা ভাবোক লিশিং কিশিংনী। মতমম্ রায়া কবা, মুমিং তরং তরং থোকলিবা মতমনি। অদুবু ওবাগী রাগ লোয়বদা তায়রি, ইরুং থংহৌরেনা কুপ্পায়দগী লোংহৌরকখি। কিগি শামিয়ানা মুমখি, ভাবোক কায়দুনা চরাংনখি। প্যালেস মন্ডপদা কীর্তনগী ঘট পুন্সিনহনা নাম শ্রবণ তৌবাগী থৌরাংখী। মহারানী কাঞ্চন প্রভানা রিজেন্ট ওইনা রাজ্য শাসন ভার পুবা মতমদা রাজ্যদা অহানবা I. A. S শ্রীরনজিৎ কুমার রায় দেওয়ান ওইনা থবক পায়বা হৌখি।

১৯৪৯ ইংগী সেপ্টেম্বর ৯গী চুক্তি অমদা মহারানী কাঞ্চন প্রভানা ত্রিপুরাগী রিজেন্ট ওইনা সহি তৌদুনা ত্রিপুরা রাজ্য ভারত ডোমিনিয়নদা চথিবগী অক্টোবরগী তাং ১৫ দাগী 'নিংথৌ'সপাক" মুংথিদুনা জনতাগী রাজ্য ওইখরে।

মৈতৌ রাজ ইশাদ—লৈরকখিবা লাইরিক, প্রবন্ধ মমাম—১। কৃষ্ণমালা, ২। রাজমালা (কৈলাস সিংহ) ৩। রাজমালা (কালীপ্রসন্ন), ৪। রাজমালা (ভূপেন্দ্র চক্রবর্তী), ৫। ত্রিপুরা ষ্টেট গেজেট ৬। রাজমালা (চন্দ্রোদয়), ৭। সেন্সাস—বিবরণী (১৯৬০), ৮। প্রোগ্রেসিভ ত্রিপুর, ৯। Accounts of Assam |Francis Hamilton| ১০। শতবর্ষ ত্রিপুরা, রাজধানী আগরতলার ইতিবৃত্ত (অজয় দে বর্মা), ১১। আবর্জনার ঝুড়ি (নবদ্বীপচন্দ্র), ১২। Tripura State Gazetteers. ১৩। শ্রীহট্টর ইতিবৃত্ত ১৪। ত্রিপুরার নাট্য আন্দোলনের ইতিকথা। ১৫। দেশীয় রাজ্য

রমাপ্রসাদ গবেষনাগারগী মপু রমাপ্রসাদ দত্ত দগী ফবা অহানবানী। মৈতৈগী মরমদা অঠবা লৈতে মীনা অকনলমনদগী খোমজিন্দুনা ইজনী। মহারাজকুমার সহদেব কিশোর দেববর্মা, ইবোক কোরোবী (সনসম্ কামিনী কুমরগী মচেমইবেমা), রানী লীলাবতী (নোংপোকথরে) সোরম্ খেলেন্দ্র, মোইরাংথেম নবদ্বীপ। বিশালগড়গী—খুমনথেম মাধব মাষ্টার, কর্ণসিংহ, কুমুদলতা (নোংপোকথরে)

হিজম বড়াচাও, খম্বপটাদ কর্মকার, রাজকুমার লাবণ্য দেববর্মা, খোমদ্রাম নৈবাকলৈ (নোংগাথরো), পে.চন্দ্রমুখ খংগেম্বাম, হুইরেম ওংবী তোমচা, পাওনম্ প্রবীর, সনসম্ সত্যব্রত (খোক), খুমনথেম নীরোদ, খুমনথেম মধু, ইচৈঙ্গমা বিধুমুখী, চেংথাম সুমিত্রা, মরাম্মদগী খাম-জিনজবনী।

মখোয় মরাম্মদা কৃতজ্ঞতা ফোংদোকচরী। মখোয় মরাম্মগী মতেংনা ফোংবা ঙমজবনী। ঐহাক সাহিত্যিক, কবি, ঐতিহাসিক নত্তে। ত্রিপুরাদ মৈতৈ ইপা, ইপুশিংগী থোংগুণলিবদা ক'বা থবক্তক্য ফোংজবনী।



"আর্থিক অসাম্যের উপদ্রব থেকে মানুষ মুক্তি পাবে মার কাট করে নয়, খণ্ড খণ্ড শক্তির মধ্যে ঐক্যের তত্ত্ব প্রতিষ্ঠিত করে।"

—রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর—

# The Daily Mail
## BLUE BOOK
### ON THE
# INDIAN CRISIS

  

## FOREWORD

By—VISCOUNT ROTHERMERE

This pamphlet contains the vital facts about the crisis which we have reached in India

I have caused them to be published because upon the right solution of this crisis depends the whole future of the British Empire

That solution lies in the hands of the 29,500,000 voters of Great Britain

It falls to them to wreck or to maintain the great position which our forefathers built up in India. To use this power wisely they must have knowledge of the issue

India is not only the "brightest jewel in the British Crown" She is the "white sapphire pivot" which supports the whole complicated movement of our national economic system

If we lose India, we lose our Imperial standing among the nations of the world

The reason why we are in danger of losing India is that this life-or-death problem is obscured by ignorance, indifference and sentimentalism Under these conditions fundamental changes are being forced through in India for which she is not ready

Our generation will betray its country's glorious past and imperil its whole future if we let ourselves be forced or fooled into surrendering the beneficent authority that Britain has exercised so long over our great Indian Dependency.

April, 1931

—:O:—

## THE TRUTH ABOUT THIS INDIAN TROUBLE.

BY—SIR MICHAEL O DWYER G C I E , K G.S I
*Formerly Lieutenant-Governor of the Punjab*

The British Empire in India is the greatest achievement of our race It has been built up by the

blood, the brains and the energy of our ancestors. During 150 years it has given peace, security, increasing well-being and honest administration to a medley of hostile races, conflicting creeds and jarring castes who had never, but for a few brief periods, known those conditions before To day those peoples number 350,000,000—speaking 222 languages—one fifth of the human race The only bonds that hold them together are British protection, British justice, the authority of the British Parliament **Those bonds are now being broken**

The Socialist Government, with the acquiescence of the Liberals and some illusory reservations—known as Safeguards—from the official Conservatives, proposes to transfer this tremendous responsibility both in the provincial and all India Governments to "Indian hands",—in practice to a narrow oligarchy of high caste Hindus, under the domination of the seditious Congress and Mr Gandhi. Their avowed object is to oust British control, and British trade, and to establish a tyrannical Hindu Raj in place of the King-Emperor's impartial and beneficent rule.

This design is bitterly resented by all the other communities, who slightly outnumber the Caste Hindus, as leading inevitably to a renewal of the chronic civil war and foreign invasions from which British power alone has rescued India. But the present Government, in their ignorance of, or unwillingness to face, Indian realities, have allied themselves to the clever Brahman politicians who for 40 centuries have stood for privilege and class ascendancy, and are hostile to every democratic principle

The stock arguments of the Indian Nationalists are :—

(1) That Great Britain attained the supremacy of India by methods unscrupulous and dishonest.

(2) That there has been in recent years a tremendous growth of national feeling in India, which can now claim to be a Nation.

(3) That legitimate demands for self-determination are being brutally repressed because Britain desires to go on exploiting the

subject races.

These specious appeals are eagerly swallowed by the I L P. group of Socialists, who have just declared for immediate independence, and have misled many who honestly desire a just and generous policy in India. In fact, they are a tissue of falsehoods

**The British public can usually be trusted to come to a right conclusion** *if it knows the facts* **The present writer puts forwards same leading facts Which cannot be seriously challenged**

The Indian sub Continent has never been a nation nor been self-governing It was always, prior to British rule, at the mercy of the invader The aboriginal Dravidian and Mongoloid in-habitants were 3000 years ago driven into the mountains or the south by ruthless Aryan invaders (from whom the present Caste Hindus claim descent) who under the inhuman religious and social code framed by their Brahman leaders condemned ths conquered to be hereditary outcastes, or *Untouchables*.

**Hindu Intolerance**

To-day these number 75,000,000, and such alleviation of their miserable lot as is possible is due to the British Raj which treats *them as equal before the law, and* the Christian missionaries who regard them as God's children Gandhi now warns us that under Swaraj the British and other Christian Missions will be expelled There are also 10,000,000 Buddhists, chiefly in Burma, 6,000,000 Indian Christians, mainly converts from the Outcastes, 4,000,000 Sikhs and half-a million Europeans, Anglo Indians and Parsis.

But the British, though few in numbers, are the backbone of the defence, the civil administration and the commerce and industry of the Indian Empire That all-important fact was deliberately ignored in the Round Table Conference.

The Caste Hindus number about 170,000,000, sub divided into thousands of sub Castes, closed compartments to one another. The Hindus owing to this separatism have never been able to create any great political organisation of their own , but for 40 cen-

turies they have cruelly oppressed the lower castes and outcastes. Their power was temporarily broken by the continual Moslem invasions from the 10th to the 18th centuries, when Arabs, Afghans, Persians, Turks, Moghuls, Afghans and Persians again, overran India

The 80,000,000 of Moslems in India to-day, the greatest minority in the world, are the descendants of the conquerors or converts who ruled India for seven centuries, and, owing to their more martial character and traditions of rule, hope to rule again if British rule were withdrawn They have loyally accepted our rule, they would never submit without a desperate struggle to a Hindu majority

The British came to the front in the second half of the 18th century when the Great Moghul Empire collapsed under the shock of Afghan invasions and internal civil war The British, after a struggle with French rivals, gradually filled the void and with the active support of the various Indian races, who welcomed any power that would end the general misery and anarchy, over-came their Indian rivals and established direct rule over British India and paramountcy over the Native States (now containing 80 millions of people), many of which they restored or re-established

**Two great historical facts stand out :-**

a) Before British rule no invasion of India by sea or land ever failed And why? *There was no Indian nation to resist the invader.*

b) Since British rule no invasion of India has succeeded *The British Indian Army holds the Northern passes, the British Navy (to which India makes no contribution) guards the sea*

Therefore, if any Power, apart from the aboriginals, has a right to rule India, it is surely not the Hindus, who were never able to resist the invader, but the British who alone have been able to protect it from external aggression and civil war

We have even a stronger claim, we alone have promoted the well-being of the Indian masses and made India the most prosperous country in Asia to-day. Compare it with Persia or China, both

devoid of nearly all the elements of civilisation and progress—railways, roads, great irrigation works, security for the tiller of the soil, schools, colleges, hospitals, the great cotton, tea, jute, coffee, coal and other mining industries, which British capital and British enterprise have established in India £600,000,000 of British capital are sunk in the 40,000, milies of rail ways and the 30,000 000 acres of irrigation which have abolished the chronic scourge of famine In the other great industries probably another £400,000,000 of British capitial are sunk, giving employmet to millions of people

**A Land Transformed**

The writer may give an instan ce from his own experience We took over the Punjab 80 years ago It had then an area of 80,000,000 acres of which 12,000,000 only were under precarious cultivations. The average value was then five shillings an acre There were no roads, railways or canals When he left the Punjab in 1920 there were, as the result of security, railways and canals, 30,000,000 acres under cultivation, 12 000,000 acres irrigated, and the average value was £25 per acre Thus the capital value of land had risen in 70 years of British rule from £3,000,000 to £750,000,000 The splendid Punjab peasantry showed their gratitude by providing 360,000 fighting men in the Great war ! The urban intelligentsia provided 80 men ! This marvellous work could not have been effected without British capital and British agency, and to day the Hindu politicians, with the co operation of our Government, are driving out both

Few people realise that outside the Army the total number of British officials in all the civil departments is only some 3,000, for a population of 350,000,000 They are the men who have set the standards of integrity, impartiality and efficiency, and trained thousands of capable Indian colleagues and subordinates If they are further reduced the whole administrative machine, now steadily deteriorating, will rapidly crash The Indian masses to a man desire them to

